নরবদি কাথা মৈতৈগীদি ইয়াম য়ামদে। পোকপা, শিবা, লুহোংবনচিংবা মপুং ওইবা থবক থৌরমদগী হেন্দোক্লুনা য়ুম থোকপা, চাকৌবা, কোরাংপা ইণ্ডা ফৌথি তাব', ফৌরাংপা, ফৌ কৌবা, শা ফাবা, শিবদা পাঙথোকপা থৌরমশিং পনবা য়াই। মী শিরগা মৈ কোযবা, মঙ্গারকপ', অশি চেং'ঙ্গল, থাশি চাক, যো' খিংবা, মীশি চাদনা শিখিবা মীগী পোংলোই-শিং পনবা য়'ই। মসিদস্থ নত্তুনা কাথা হরাউবা, শা তানবা, লাই চাকলোং কংপা, ফম কাবা অসিন'চিংবা থর পনবা য়াই। মসিদস্থ নত্তুনা য়াওশং, তর্পননচিংবা কংপগী চংনবী থবস্থ পাংথোকই। শা চাবা, য়ু থকপনচিংবা কয়ানা হর'উ কুম্মৈ-শিংগী মপুং ওইবা থৌরমশিংনি।

অত্থগা অমরোমদা তম্পাক্কী মী শিরগা পালা লেপত্তুনা পুং ঈশৈ য়াওনা শোনবা চংনৈ। মসিবু সঙ্কীর্ত্তন হৌবা (লীংব') হায়না খঙনৈ। মাস কাথা মৈতৈশিংদদি চংনদে। নাহৈরোননা শেংদেকেই। মসি মৈতৈ বৈষ্ণব সম্পাদায়গী অকনবা শাফু অমনি। তশেংবমক্তি শাস্ত্রগী মতুংইন্না পালা কোইহুনা পুং ঈশৈ শকপা অসি শ্রাদ্ধগা কন্নিগুম্বা মন্নি অমতা লৈনদে। তৌইগুম্বস্থং মনিপুরী সমাজনা সঙ্কীত্তনে লীংহুনা নাম শ্রবন তৌববু অর্থ লৈনা লৌই। মরম অসিনা পোকপা, শিবা, লুহোংবনচিংবা থবক থৌরম কয়াদা পিক্লবস্থ, চাওরবস্থ সঙ্কীর্ত্তন লীংবা চংনৈ। সঙ্কীর্ত্তন লীংদনা কগোই রাস হৌবা চংনদে। মসিগী মরমদা ইবা "সঙ্কীর্ত্তন বিচারনচিংবা লাইন্নিক কয়া লৈ। অস্থুমা সঙ্কীত্তননা মনিপুরী সমাজদা সঙ্কীর্ত্তনগী অচৌবা ফিদা অমা কন্দুনা লৈ।

অত্থগা অমুকস্থ মৈতৈশিংনা মুমিং ১৩নিদা সোরাং শোল্লিবা অসি শাস্ত্রগী মতুংইন্না অকাইবা লৈতে। অত্থগা

মুমিৎ ৫ নম্রগা ৬ নি শুবদা অস্তি লৌরিবা অসিদি অকায়বা লৈ। শাস্ত্রগী মতুংইন্না মুমিৎ ৪ নি শুবদা অস্তি সঞ্চয় লৌগদবনি হায়বা অসি মথক্লস্থ পঞ্জখ্রে। অদুগা একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধনা চহী অমগী মন্নুংদা অকক্লবা মতম লেপ্লমদে। শিবা মতুং মুমিৎ ১০ নি শুবা হায়বদি পুন্না মুমিৎ ১১ নি শুবদা পিণ্ড ১৬ কৎপা লোইবনা একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধগী মপুংনি। মরম অসিনা মৈতৈ ঐখোয়গী মী শিরগা চৎরম্বা চুকশা মোইথেম-নচিংবা হাপশিল্লগা মুমিৎ ১৩ নিদা সোরাৎ শোনবসি চৎনরম্বা য়াই। মসিদা করিসু অকায়বা লৈতে। লোয়ননা থা থুদিংগী লাইদা সিদ্ধা থিনবা অমসুং চহী ওল্লকপদা উৎসব থাংবা অসিনচিংবা নৈমিত্তিক শ্রাদ্ধগী মন্নুং চল্লি। অদুগা বামোন-শিংনা মুমিৎ ৩/৪ নম্রগা ৫ দা অস্তি লৌখৎলিবা অসিদি শাস্ত্রগী নিয়ম নত্তে। মুমিৎ ৩ নি শুবদা অস্তি লৌখৎলিবা বামোনশিংগী চৎনবী অসি ওইথাকপা য়াবা মরম অমা লৈ। মতম্দি গরিবনিবাজ নিংথৌ অসি ইংশোক ১৭৫১ দা শিথি। অদুগা মচানিপা অনন্তশাইনা ইংশোক ১৭৫২ দা মপাগী লু থুন্দুনা শ্রাদ্ধ শোনখিবা অদু পনবা য়াই। মহুদি — "ইং ১৭৫২ দা অনন্তশাইনা লৈখিত্রবা মপাবুং (গরিবনিবাজ) গী লু লৌবা তোমক্নাং হিদেন্দা চৎথি অমসুং নাম শকতুনা শ্রাদ্ধ তৌরম্মী। অদুগা অনন্তশাইনা মুমিৎ ৩ নি শুবদা মপাইবুংঙোগী হকচাংবু থেং-নখি। মরম অসিদগী মহাক্কী মচা-মশুশিংনা শিরবা মতুং মুমিৎ ৩ নি শুবদা অস্তি লৌখৎপগী চৎনবী অসি হৌজিক ফাওবা ঙাক্লা চৎনরি" — (ডাঃ পোলেম নবচন্দ্র, সাহিত্য লৈচল মনিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল — ১৯৯৪)

মরম অসিনা মথক্কীশিং অসি য়েংল্লরগা বামোনশিংনা মুমিৎ ৩ নিদা অস্তি লৌখৎলিবা অসি মসিদগী ওইগনি।

মথক্কী চৎনবী ময়াম অসি খিজিনবগা লোয়ননা তত্তাই-ফদনা মনিপুরগী 'Cultural History' অমা শাগৎপা চুমলে। মসি শাগংনবা হোৎনবদা অরিবগী বাকল কযা লাকই। কাথা খুনগী হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা খব অসিনা লংলা লংজিন ওইবা য়াই। মরমদি কাথাগী মী শিরগা পুখোক-লমদাইদা য়োৎ খিংবগী চৎনবী অমা লৈরমলিবসি য়াম্না কুপ্না নৈনন্নিংঙাই ওই। থাঙ্গেশংনা কাথাগী মৈতৈশিং অসি হৈরেম-খুঞ্জান (ককচিং) ওইরমগদ্রা হায়না চিংনরকই। অদুগা অমরোমদা অমুক য়েংলগা কাথাদা লাৎলিরা লাইশিং, নোং-পোক নিংথৌ, পান্থোইবী অমস্তুং শংত্রিক চংনিংখোংগী হবাউবগী লাইরোন্দা — "লোইচীংদা থংয়াইশ', লংমাইদা থাদোকপা" অদুগা লাইকৌবদা ইমা ইবেনশিংনা শকলিবা –

"হি থিবা হিথিবা
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাবা হিরাম্নরোদা"

অসিনচিংবা শৈশকশিং অসি ম্রম্র' খন্নকরণ কাথা মৈতৈশিং অসি মৈতৈ নিংথৌ উরা কোন্থৌবা (৫৬৮—৬৫৮) গী মতমদা নোংমাইজিং' চীংদা তারম্বা শেলোই লংমাই কাংবুশিং অদুরা হায়বা অসিমু চীংনদবা ওমদে। মবমদি শেলোই লংমাই কাংবুশিং অসি মথৌনা মরিংজেল নৈবা লান য়াম্না পাম্বা কাংলুপ অমনি। মখোয়গী মথৌনা মরিংজেলশিং অদু খংলহনা কাইনথংদা নিংথৌ ক্যাম্বনা ওমখৈ ঙাকপা ওইনা কাথাদা লৈহনখিরম্বমু য়ারি।

মথক্তা পঞ্জখ্রিবা হৈরেম খুঞ্জান অমস্তুং শেলোই লংমাই হায়রিবা কাংলুপ অনী অসিমক মনিপুরগী ইতিহাসতগী চিকনাং মাংথ্রবা কাংলুপ ঙাক্তনি।

মসিদমু নত্তনা কাথা, অরিবা মৈতৈ কাংলুপ অসিনা

শরুরিবা খুন্নুং ঈশৈশিং অাস লিরবা মতমগী ঈশৈনি হায়না লেপ্পা ঙম্মী। অসিগুম্বা মৈতৈগী লিরবা ঈশৈশিং অসিবু মনিপুরদা খুন্দাহনা লৈরবা পাঙনশিংনস্থ য়াম্না পাম্না শরুরকখি। নিংথৌ পামহৈবা (১৭০৯-১৭৪৮) গী মতমদা সলিম কৌবা পাঙননা মহাক্কী তালোইগী কাইনা মৈশাবু শৈথাহনা ইঙেন থাগী মতমদা 'লোয়া তমলৌ' লৌকোন্দা শকখিবা ঈশৈশিং অদুদগী কাথাগী অরিবা মৈতৈ কাংলুপশিং অসিনা হৌজিক শরুরিবা ইশৈশিং অসিনা হেন্না অমুক লিশিনবা হেল্লি হায়না খঙবা ঙম্মী।

সলিমগী ঈশৈ :[1]

"হা ইবেম্মা/ইমানগী মচাবু পাম্মুবী/লোইয়া তমলৌ কা-চিন্দা/পাথং নুংঙন লৌকান্দা/ইঙেন থা থুংলববু ঙাইর্বদি/হোংদ-কুমওন-কুমচংতবু মরাকই/ইনেম মচাঙ নংবুদি উদরে।"

কাথাগী ঈশৈ :

"য়োয়ময়াইগী আঃ — অঙালগী তাংলোম্থ।

য়োয়ময়াইনা লৈনা তাগে হায়রকলে"

মসিদস্থ নত্তনা চাংদা তাবা কাথ মৈতৈশিংনা পানা মনা হেকপনা শিনফম ওইবদগী শরুকই — "চাংমুংগী পামকা না-কুপ্পী/পোল্লাংনা পোনচেপ লোনবগুম/আঃ লীকলেংবগুম লেং-বীয়্/ওঃ লৈরেংবগুম লেংবীয়্" মসিদস্থ নত্তনা শজিবু থা হৌরকপদা চাংমুং পামেন উজাওশিংনা মনা অনৌবা হুল্লকপবু উরুবদা মচা মগু শিখি নাখিববু শৈথাবত্তনা অস্থুম্না শরুকই —

---

1 পাঙনগী খুন্নুং ঈশৈ, লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, ইম্ফাল - ১৯৮৬ দগী লৌথোকপান।

ইবুংঙোনা অমুদোন সুংশি কোংবা লমথোঙ ফাংলক্লে/তলাগীনা, সুংশি শিশিন্নবশিংহুনা/তলাগী য়েম্নীং হুল্লকলোনে … /মপারি কাইনখিবশিংহুনা, মথাংলেন সুংশি কাইনখিবশিংহুনা/ইপারিগী কঁরি শেংসি হায়রদনা/ইমেমগী করি থোনশিগে হায়রদনা …"

অসিদসু নত্তনা ফৌ ঙাকপগী ঈশৈ কয়া শকলি। তাবদা তু চুংনিংঙাইনি।

অহুগা অমুক লাইরোন্দা — "অফিং চাকচানবা, কবা লৈওইনবা … /তিমন হুম্বান লোংববু, থংসু থুংওইনরিবা লাইয়িংথৌ/শম্নাং নংগী যটাসুংদা, গঙ্গা লাইঙ্গ ঈ পূবা তেন্দোং নমদা পোবা, কাংগম য়াদা চিকপা।"

অহুগা অমুক লাইগী তুং ইম্নবগা শকপা ঈশৈ —

"হোরি হে নাবায়ো, রাম কৃষ্ণ নারায়ো
গোবিন্দ রামো, হোরিহে রাম"

হায়বা শিব মহাদেব অমদি রাম কৃষ্ণনচিংবা পনবা অসিনা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা শাফু অমা লৈবগুম উহল্লি। তশেংবমক্তি ক্লাথাগী মৈতৈশিংগী তমদা থোংদাফমদি ককচিং অমসুং পল্লেলনি। ককচিং হরাউবা অমসুং পল্লেল হরাউবগী ফম থিনবদা "হোরিহে নারায়ন" শকপা চৎনৈ। ক্লাথা মৈতৈশিংনা মসিগী মতৌ তমখি। লোয়ননা মহাদেবগী তেন্না চীংসুংহুত্তা হুৎলগা মনিপুর অসি শেমখি হায়না মতম অমদা কম্না থাজনরম্মী। তম্পাক্লী তনাথ থুক্রম্বদা চীংঙ্‌, মহাদেবগী মিথৈ শোনবা হৌজিক ফাওবা চৎনরি। মহুগী মমি অমা অহলশিংগী হাক্তক্তা তাখি।

অহুগা অমরোমদা প্রমান পান্থেসু য়াম্না হৈ। লাংথৈ লাকপা মীশিংদা মথোয়না — "ঐ যৈ, ইপুঙো থাঙ্গ লৌউদবনা তরা চাকঙন চায়", "তরাউ ফকশাবনা ককলৈতে" অহুগা হৈক্রবোপ হেবপদা — "ঐ য়ৈ ইপুঙো, সুপীনা উথক্তা

কারগা মুপানা মথাদগী য়েংবদি ফজররি.নি" (হৌজিকতি হৈরু-বোপ হৌখিত্রে) অসিনচিংবা রাপুগী মপা চানা কয়া ভাং শকই। অদুবু হৌজিক্কি পৃথিবীগী মখ্যাৎ লাউরবা খৃষ্ট্যান ধর্মনা[2] কাথাগুম্বা চীংলৈবাকী খুন মচা অমা শেগ্রাক্তা য়েপখিবদা খোইনা চিংনিংঙাই লৈতে। 'কাথা সনা লৈবাক' নংগী নরাই-বক কৱিদা লৈরি হায়বা ঐখোয়না লেপ্পা ঙমদে।

হৌজিক্কি কাথাগী মরমদা ইবা লাইরিক অমমুং চেফোং কয়া লৈরে। ফোঙদোকনত্রিবা থেসিসনচিংব কয়াম্ম য়াওনরে। থেংনজবা থরদি —


১। শ্রীলেখক, রাইটর্স এসোসিয়েসন, কর্কাচিং ১২ শুবা চহীগী অধিবেসন, সোভিনির - জুন, ১৯৮৩ (চেংফোং)

২। এঃ ব্রজকুমার শর্ম্মা, সাহিত্য বীনা, কছার - জুলাই, ১৯৮৩ (চেফোং)

THESIS : Ksh. Brajamohan Singh,
Kwatha : A case study of the social life of an Aboriginal Meitei Hill village of Manipur, project report submitted to the Indian Council of Social Science Research, Delhi.


---

খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম :— খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম অসি চৎপা মৈতৈ খৃষ্ট্যান য়াম্না লৈরে। হৌজিক ফাওবদা কাথা খুন য়াওনা মনিপুরগী তম্পাকী ভিষ্ট্রিক্ট খুদংমক্তা চর্চ মশিং ৬০ রোম লৈরে অদুবু মৈতৈ বাপটিষ্ট এসোসিয়েসনগী সেক্রেটরিগী অফোঙবা রিপোর্টকী মতুং ইন্না কাথা য়াওরগা চর্চ মশিং ৩৭ নি। লমশিং অদুগী মমিং হাপচল্লে।

লোয়ননা খবর কাগজশিং অমদি মুতুবা বাহাদুরগী Script অমা AIR, Imphal না ১৯৯৫ ইং দা হন্দক্তা শন্দো-রকখিবহু মমিং পনবা য়াই।

পুম্নমক অসিগী মথক্তা PMK না কাথা পুখোকল্লে (Kwatha discover) তৌরে হায়বা য়াই। মরমদি ঙসিদগী চহী কয়ামুক্কী মমাংদা ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্রনা চীংলৈবাক অহুদা মশীং নাইদনা চংখ্রে (লাইওইরবা অহল-লমন কয়া উনখ্রে), মশীং নাইদনা চংসকলি। মতুগী ফলনা পিপলস' ম্যুজিয়ম, ককচিংগী পব্লিকেশন্সকী মখাদা লাইরিক অহুম পুখোক্লে। লাই-রিকশিং অহুদি —

১। কাথা : অরিবা মৈতৈ কাংলুপ অমা, শ্রীলেখক - ১৯৮৪

২। Kwatha : Socio-Economic and Religious System, Dr. N. Pramodini Devi - 1995

৩। কাথা : চীংদা তাবা মৈতৈ খুন, ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র ১৯৯৫ অসিনচিংবনি।

পিপলস' ম্যুজিয়ম, ককচিংনা হৌজিক ফাওবদা পুথোরক-লিবা লাইরিকশিং অসিদা কাথা মৈতৈশিংগী মরমদা কুপ্না নৈনরি। কাথা ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) গী মতমদা মৈতৈ লৈবাক্কী লমখৈ ঙাকপা ওইনা লৈহনখিবা, কাথা কৌখিবগী মরম, ফম কাবগী কোম্থারোল অসিনচিংবা কয়াম্থু য়াওরি। পুম্নমক অসি নৈনবা লোইবা নত্তে। অদুগা অমরোমদা অমুক হৌজিক হৌজিক মনিপুরগী চৎনরিবা খর পঙ্গরিবা অসি পোকপা, শিবা, চুড়াকরন (লুগুন থাংবা), লুহোংবা অমসুং শ্রাদ্ধ অসিনচিংবা অসিগী শাস্ত্রগী ওইবা নিয়ম কয়া লৈ। নিয়মশিং অহু শ্রীমৎ-পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গীরিনা ইবা — কর্মগী লমী

অমসুং ভক্তীগী লম্বী অসিনচিংবা লাইশিংদা য়াওরি। মহু হাপচল্লে। পুম্নমক অসি য়েংলুরগা কাথা মৈতৈগী চংনবীগা চাংদম্নবদা চান্নবনি খঙ্গহনা পঙ্খিবা ঙাক্কনি। অহোবা অমসুং অরাংপা কয়া লৈরিবনি।

মথক্তা পঙ্গরিবা কাথাগী লাইরিকশিং অসিনা ইপানাং ইপুনাং থিগংহন্নিংবগী বাখল্লোন অমা শাগংহল্ল। মতাং অসিদা প্রো: নিলকান্তগী বাহৈদা "হৌজিক অসি রিছাচকী মতমনি" হায়বা অহু নৌংশিংহল্লি। তশেংবমকস্থ লাইরিকশিং অসিনা লংলা-লংজিন ওইহনা কাথা মৈতৈশংগীতা নত্তনা মনিপুরগী নাংকী অচুম্বা ইতিহাস অমা শাগংপদা মতেং ওইরগনি খল্লি। পাক চাউবা মীয়েংদা হায়রগা কাথাগী মরমদদি মনিপুরগী মনুংদা ময়াংলম্নম গৌরচন্দ্রনা মসিগী মহৈ ফংফম থোকই (cre dit goes to Peoples' Museum, Kakching) হায়নিংই।

ককচিং
তাং ৫/৫/৯৫ ইং

শ্রীলেখক

# ক্বাথা

## চীংদা তাবা মৈতৈ খুন

ক্বাথা মৈতৈ লৈবাক্কী ওমথৈ কবোগা তাইনবা চীংথক্তা তাবা খুঙ্গং অমনি। মোরে য়েৌগদবা কিঃ মিঃ ১১ রোম বাংলিঙৈদা ক্বাথা লমখাই লৈ। লমখাই অসিদগী কিঃ মিঃ ৫/৬ রোম চংলগা ক্বাথা য়েৌই। খুন অসিগী মমিং ক্বা থাই হায়বদগী ক্বাথা কৌখি। খুংগী মচিন্দা লাইওইরবা অচৌবা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরম্মী। খোংনাং পাম্বী অদুগী মখোংদা গরিবনিৱাজ মহারাজগী মঙ্গা ইবুঙো শ্যামজাই খুরাইলাকপনা থারম্বনি হায়নবা কবোকলৈ পাম্বী হৌই। কবোকলৈগী মরমদা হায়নবা অমা লৈ। লৈ অসি মপান শত্তুনা চহি কয়া লৈরুরবা মতুংদা শাংলকই। কবোকলৈনা শাংলক্পা মতমদা শ্যামজাইগী মপোক অমা পোক্লে খঙনবা থারম্বনি হায়নৈ। মফম অসিদা লৈরম্বা মুঙশিংস্থ মাঙহনখবে। অদুগ মমাংঙৈদগী হৌরকপা হৈপান লৈপান অয়াম্বা কংশিল্লক্লে। ক্বাথা খুনগী য়ুম অমম্বং মীশিং ইহেন হেনগত্তে। য়ুমশা মওংদি মৈতৈ য়ুমশা ক্বা অদুমদা অয়াম্বা শানৈ। হৌজিক্তি মানা মানা শানীংবা মওংদা অয়াম্বা শানরক্লে। খুনগী ময়াইদা লম্বী অমা ফাওদোক্লুনা চংলি। লম্বীগী নাক-য়েত্তা য়ুম পরেং অনীথোক্লা তাই, পরেং অমনা নোংচুপতা শাই, মমাই নোংপোক ওল্লি। পরেং অমনা নোং-পোকতা শাই মমাই মখা ওল্লি। য়ুমগী দারিবান অয়াম্বা বাংনৈ মরমদি শা-শল চঙবা কাদা ওমদনবা। খুল্লক্তা টৌটি

পুশিল্লবগি মৈ মমাঙদা যাদা মরুওইব। ঈশিংখোং অনী লৈরম্মী। চেক চনবা ঈশিংখোং অহুনা ইথম্বাল হৌবা ঈশিংখোং হায়না খঙনৈ। চেক চন্দবা ঈশিংখোংনা লোকচাও ঈশিংখোং হায়না খঙনৈ। ফৌ নত্তবা মরুওইবা পোথোক শিংদি হৈরুবোপ পানা-মনা, শোইবুম, মেরুকনি। মথোয়গী মরুওইবা করবার তৌফমদি মোরে অমসুং ককচিংনি। হিন্দুগী লাইশঙ লৈতে। লাই-তিনগী থৌরমনচিংবা মৈতৈগী অরিবা লাইনীং লাইশোন্না শোল্লি।

## অঙাং পোকপা

কাথা খুনগী অঙাং পোকপদি, মাইবী নাউকনবীনা। অঙাং পোকদোরিবা মমা অহুগী অরাংনা থোক্তনবা লাইশোল তিনশোলগা লোয়নবা থৌরম তৌহনা অঙাং পোকহল্লি। অঙাংগী খোয়রি নাউফম ফুম্বদি, মমাঙথোঙগা তাইনবা, ফম্মেন অমসুং নাকথ হায়বদি; থোঙগী য়েং-ওইদা ফুম্মী। ফুম্না মতমদা, মাইবীনা খোয়রি নাউফম অহু চফু অমদা হাপ্লগা ফুমকম তানা য়াম্না নেম্না পুরকনি। বাংনা পুরবদি অঙাং থংগল্লি হায়না থাজনৈ। পোকইবা অঙাংনা নিপা ওইরগা ফম্মেদা নুপী ওইরগনা নাকথদা, খোয়রি নাউফম ফুম্মী।

## ঈপান থাবা

নুপীনা নুমিৎ তরুকনি, নিপা ওইবগা মঙানি শুবা নুমিত্তা ঈপান থাগনি। ঈপান নুমিত্তা পোকইবা অঙাং অয়াম্বা মনা হুৎনহৌই। নুমিৎ অসিগী অঙাক্তা মম অমসুং অঙাংনা হিরা ফক লেংকুনা, ফিনচংবা থুনাম-লাংনা শুদোক চামথেংগা তাইয়েন পুংফাইনা হাইদোকুনা শেংদোকই। অমুবী ফক

লোক্তরিগী মমাঙদা পকংংদগী হৌরকপা অঙাংগী শম কোক-থোক্তুনা ঈরুজবিগনি। পুম্নমক অসি লোইরগা য়ুম্ব অহনা মাইবী, অহল-লমন্নচিংবা চাক খাঙলোকই। ঈপান থাবদা য়াওবা নাওকন য়েন্দি থৌরম অসি লোইরগা মাইবীনা পুথিগনি।

ঈপান নুমিৎবী নুমিদাংদা 'থিথি' কৌবা লাই খুরুম্মী। নিপা ওইরগা "লৈরংলেন্দোং", নুপী ওইরগনা "ফিশা তেম" য়াওগনি। নিপা নুপী অনীমক্কী ওইনদি; লাইরিক, কলম, ফৌদাং, থুম, লাকেংগ অমা, পৈশা অমা ফৌদাং মথক্তা হাপকনি। অদুংদি ফল ওইনবা মথক্তা ফি অহনবা থারগা হিন্দহনগনি। মতাং অসিদা মাইবনা (Priest) লাইশোন শোনগনি। মাইবা অমসুং অহল-লমনগী দক্ষিনা তৌদুনা খুরুম্মগা লোইশিল্লি।

ঈপান নুমিৎকী অহিংদি মৈ মুৎপা য়াদে অমসুং অঙাংগী হিপকম লুখুমদা লোক-তিন থাকপা য়াদে।

## পাখং লৈশা ফারকপা

খুনগী ফম্নাইব থাংচেনলাকপনা পাখংলাকপা অমসুং নিঙোন-লাকপনা পাখং লৈশা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিংগী লৌখৎনবা হায়গনি। পাখংলাকপনা পাখং লৈবা য়ুমশিংদা, নিঙোনলাকপনা নিঙোন লৈবা য়ুমশিংগী মমা মপাদা অহুম্না হায়গনি—"ঙসিদগী নংগী মচা নিপা চাওবা, মচানুপী চাওবীসি পাখং লৈশা কাহল্লসি"। য়ুমগী মমা মপা ওইরিবশিংনসু মচাশিংসি পাখং লৈশা ওইরকেদবগা লোয়নন্না খুনগী অহল-লমন ফম্নাইবশিংগী হায়রিবা য়াউ হিক্তোক্তুনা য়াগনি। পাখং নিঙোন লৌখৎপা অসি পাখংলাকপা অমসুং নিঙোনলাকপনা

পাখং নিঙোন লৈবা ইমুংশিংদা অহুম অনুমক হায়জবা চংনরকই।

খাংচেন লাকপগী যুমদা, পাখং ময়াম অনৌবা পাখং কারকপগী য়ুনচিংবা চা থক্কুনা তিন্নগনি। পাখংশিংনা করিগুম্বা খংনা চৈনবা থোক্লবদি পাখংলাকপনা ব্রায়েনগনি। খুনগী ওইবা পাখংশিংনা শিজিন্নগদবা পোৎশিংদি পাখংলাকপগী যুমদা থমগনি।

নিঙোন লাকপগী যুমদস্থ নিঙোন ময়াম লৈশা কারকপগী চা থক্কবা তিন্নগনি। খুনগী দরকার ওইবা মতমদা নিঙোন-শিংদা পাউ চেন্থোকনি।

## কাথা খুনদা লৈবা যুম্মাকশিংদি

নিংথৌজম, ক্ষেত্রিময়ুম, তখেল্লম্বম, লাইশ্রম, অঙোম, শোরোকখাইবম তরুক অসিনি।

## যুম পানবগী চৎনবী

যুম্মাক মাম্নবা মশেল লৌনহৈদে নামুংনৈ। লৌন লৈনবসি চেনবা, হায়জবা মখল অনী চৎনৈ।

## চেনবা

কনাগুম্বা নিপা অমনা নুপী অমা চেল্লরবদি নিপা ময়ুমনা নুপী ময়ুমদা পাউহনগনি। নুপী ময়ুমন, নুপীহু মশানা য়াবরা য়াদবরা হাযবহু হায়নবা বাগী মতুংইন্না শন্নরগা হংনীংবা হংবা য়াই। চেল্লিবা নুপীহু মশানা য়াবা ওইরবদি মপামদা থিনবা মতমদা নিপাহুগী ইমুং মন্নুংগী লৈশাবীশিংনা থিল্লি। চেনবা অমসুং .ায়জবা অনীগী থৌরম চপ মান্নে।

## হায়জবা

নুপী ময়ুমগা য়ুখোম অচুম্বক থাগনি। অকোনবগী য়ুখোমদি খ্বাইদগী চাওনা থাগগা লোইশিনগনি। য়ুখোম অহুম্বক থাগবা মতুংদগী নুমিৎ অফবা য়েংলগা য়ুম পান্নবা খল্লগনি। মরুপ-মপাং, অহল-লমন বাউন তৌদুনা নিপাদু নুপী ময়ুমদা থিনগনি। মপাগী শিজিন্নবা ফিরোম্মচিংবা য়াওগনি। নুপী ময়ুমদা ময়াম চনা-থক্নবা য়ুমচিংবসু পুগনি।

নুপী ময়ুম য়ৌরকপদা নুপীগী অহল্লা ইমুংগী লাইদা হৈথা লৈথাদুনা মীশিং লেনাংশিংগী অফবা ওইনবা পাউ তাক্কনা থুরুমগনি। লফোই মখোকপ অমগা লৌবুক লাংথেৎগা য়াওগনি। নিপা ময়ুমদা অহল-লমন্না নুপীগী অহল-লমনশিংদা থুরুমজগনি। ময়াম পুম্নমক চামিন থকনিন্নরগা লোইশিনগনি।

য়াওংইনবা নুমিৎকী লোংথাল্লকপদা য়াওং ইল্লিবা নিপা অদুনা য়াহৌওন্না হৌগৎতুনা শুমাংনচিংবা শিংতোক্কনি। মকুবোক্কা চৈন মাই শেংনবা খুজাই ঈশিং হাপ্লগা পৈয়া অমগা মাঙ্গোন্দা থমগনি। থৌরম অসি নোংমগীদনি।

য়াওং ইনবসি নিয়মগী মতুংইন্না চহি মরি মপুংফানা লৈরগা মঙা চংলকপদা নিপা ময়ুমদা চৎকনি। য়ানবগী মতুং-ইন্না চহি অমা নল্লগা অনীদা য়াওংইনবসু য়াওই। নিপানা নুপী ময়ুমদা য়াওংইন্দুনা লৈরিঙৈদা তোঙান চাবা য়াদে। নিপা ময়ুমগী অহল-লমনশিংনা চহি শুরক্লবা মতমদা মচা মমৌদু লৌরগে হায়জরৈ।

## য়ুমথোকপা

য়াওংইনবা মতম লোইদুনা নিপা ময়ুমদা নুপী য়াওনা চংপবু য়ুমথোকপা নম্বগা লুহোংবা কৌই।

যুমথোকপা অসিসু নুমিৎ থা অফবা য়েংনৈ। শজিবু, থবান, ৱাকচিং থা অসুম অসিদি যুমথাকপা তৌনদে।

মৌ থনগদবা নুমিত্তা নিপা মযুমগী নুপীশিংনা পরেং লেংহনা চান থকবা পোং-চৈ নুপী মযুমদা পুরক্কনি। মাঙ থাবদি সনামহি, নৈমবেন, নোংপাক নিংথৌ অহমগী হৈরুক অমমনা মাঙ থারক্কনি। মাঙ থানা পুববা অসিদি পু-পাং কায়দবা পাংশোয় নাইদবা মীনা ওইগদবনি। মাইবনা যেংবগী মতুংইন্না কুচু ভোবা মীনা নগ্রগা কুচু মুবা মীনা মাঙ থারবদি অফবা ওইগনি হায়বগী থাজবসু লৈ

## পুরকইবা পোংশিংদি

খুন অপুম্বা চাবা কোন্ননা। কবোক, যু থরুং তবা, হৈনীং-হৈক্রু, লফোই চাবা কোন্ননবা, সোদোম লৈ, ওক যাওগনি। ওকতি নিংডোল মরু না পুগনি। ইমুং মন্নুংগী মরুওইবা মাশিংদা পিনবা খবাই অমমমদা লফোই, কবোক, সোদোমলৈ হাপ্লনা পুৎক্কনি।

## নুপী মযুম

নুপী মযুমদা নিপাগী পোং-চৈ থুংলবে। নিপা মযুমদগী পুরকপা হৈরুক নুপী মযুমনা ওক্লে। পোং পুরক্কনি হায়বা মীশিংগী মতুংইন্না পোং ওক্লবা মীশিংশু চপ চানা শীংনহনা থমনৈ। হৈরুক পুরকপা হৈরুক ওকপা অনীমক নুপী মযুম্মা মথোয়গীদমক কা ভোংডান্না লানগনি।

নিপা মযুমগা নুপী মযুমগা খুরুম্নগনি। মহুদা নিপা মযুম্না অসুম্না হায়নৈ। "যেগা লৈগা ওন্নসি, থরাইগা পুথগা ওন্নসি"। খুরুম্নববা মতুংদা নিপাগী মপাং অমা নুপীগী মপাং

## য়ুমথোঙ পুবা

কনাগুম্বা ইমুং অমা মপা শিথ্রবা মমা লৈহৌবা নত্রগা মমা মপা অমা মক শিথ্রবদি ইমুংসিদা লৈহৌবা নিপা অমা বু য়ুমথোঙ পুবা হায়না কোই মথোয় অসিদি চহি অমন য়াওংইনগনি। নিপা মপা কায়নবগী কোংবদি লুপা ২৫ ওইরম্মী। কায়নবদা অউনপোৎ মশীং চাৎপা য়াদে।

## কোরাৎপা

পোইম্ম অমম্মং ব্রাকচিং থাদা কোরাৎলি। মফমদি অব্রাংথংবা পন্থোঙ, খা থংবা পন্থোঙ অনিমক্তা ঈরাৎকনি। ঈরাৎলিবা লাই অসি হনুকোকচাও, হনুলৈথম কৌবা লাইবু য়েন, য়ু য়াওনা খুরুমহনা কৎচবনি। হনুকোকচাও কৌবা লাইবুনা লৈশেমডৈদা হান্না শেমথিবা খুন্দাহনবা মীনি হায়না থাজনৈ। হনুলৈথম কৌবনা কুম কুম খুদিংগী কেন্না শিবা মীনি হায়না সৌনৈ। লাইশিং অসিবু খুকমজরিবদি লম অসিবু মুংঙাই য়াইফবা পিবীনবনি। অব্রাং থংবা পন্থোঙদা হান্না খুরুম্নগা মখা থংবা পন্থোঙদা লোইশিনগনি। ঈরাৎপা অসি মপী অঙাং য়াওব্রবম মাইবা, খুনগী মীওই খরগনা পাংথোকই। য়েন অমা শেমহনা চবানফু অনি থোংগনি। খুনগী অফ ফত্ত থোক্লকদবা খুদিংমক য়েনগী মরিন অমম্মং চবানফুদা য়েংলগা মাইবশিংনা খঙবা ওম্মী। থোংলিবা চাক য়েনশাং পুম্নমক চৎলিবা মীশিংনা চাই। মুমিৎ অসিদা লম্বী অমম্মং ঈশিং-খোং মপী নিপা হৌদুনা শেংদোক্কনি। ঈশিংখোং অনীগী লম্বী অমম্মং ঈশিংখোং শেংদোকপা লোইবগা ঈশিংখোং মনীমক মা । যেকুম খযোম পাম্লাগ। অসিগী মতুংদা খুনগী খুনয়াইদা লৈরিবা থেনবুং, থাংজকম যু হৈগনি।

থোৗরম অসি লোইরবা মতুংদগীদি খুনগী য়োং থাঙ শাবা য়ারে।

## পাম য়ানবা অমসুং পাম থাবা

য়োং থাঙ শাগ্রবা মতুংদা খুনগী পাম্মৌ য়াল্লে। পাম্মৌ অসি চহি চহি খুদিংগী হোংহনা য়াল্লি। মাগী মাগী লৌরুমসু মপা মপুদগী চৎথরকপা মফমদা অহুম উনৈ। মী অমগী পুন্সিগী থোৗদোক বাথোক, চহি, পাম্মৌ য়েংলগা খংবা ঙম্মী অমসুং নিংশিংনৈ।

পাম্মৌ য়াল্লবা মতুংদা থা অহুম মরি পামফোৗনৈ। মপুঙ ফানা কংলবা মতুংদা খুনগী লেপ্পবা মুমিংকী মতুংইন্না পুম্না পাম মৈ থাই। কনা কনাগুম্বশিংনা হৈজবা লাইরা শোন্দুনা মাগী মাগী পামদু ফজনা চাক্লবা মৈ থোৗনৈ।

পাম থাগ্রবা মতুংদা চাক্তনা লৈহোৗবা উতেক খুন্দোক্লুনা মফম চানা চানা থম্মে মসিবু পাম খুনবা হায়না খঙনৈ। পাম থুল্লবা মতুংদগী লোৗশঙ শানরে।

## ইঙা ফৌথি তাবা

পোইনু থাকচিংদা তোৗবগুম্ন পন্থোঙ অনী কোৗরাংকনি। কুম কোৗবা লাইগীনমক পান্থোঙ মনাক্তা শঙ অমা খনগনি। অফবা নহৈ মরোং পিবনবা, তিন কাঙ মরাই তাদনবা, নোংজ মুংশা ফনবা, অনা অয়েক থোক্তনবা; ইন শেগাইবা, ফোৗব্রাম, য়েরুম অহান্বা, লীকং তেন্দোং, পাই মচা অমা য়াওনা য়েম্না ঈরাংকনি।

ইবুধো নোংপোকনিংথোৗদা কংখিবা ফৌথিদি খুনগী য়ুমথোঙ খুদিংদা ফোৗ হুনবা য়াওনবা খন্না খন্না য়েনগনি।

লাই খুরুম্বগী থবক পুম্নমক খুল্লাকপনা পাউ চেনগনি। লাই খুরুম্বা খুদিংগী ফোদাং, শেল য়াওগনি।

কংথাগী লোগী লাই খুরুম্বা মখল অহুম চংনরকই। মখুদি :— লৌরাংপা, ফোচবোং পুবা (ফৌওইবী খুরুম্বা) অমসুং ক্ষো কৌবা অসিনি।

## লৌরাংপা

য়ু থরুং অচৌবা অমা থিংলগা খুল পুম্বা পিথক্কনি। মাইবনা লাইগী খোরম পুম্নমক তৌগনি। লাইগী য়ু হাপ্পবা য়ুখোম য়াওগনি। য়ুখোম তুম্পা অসি মুপী মখোম মাদ্রবদি য়াদে। অসিগুম্বা তুম্পা অসি ইমুং অতুগী লৈত্রবদি মাগী শাগৈদগী লৌগনি। শাগৈ নত্তবদগী লৌবা য়াদে। শাগৈ ওইবা মশেল ফাওবা য়ুখোম অসি কয়া পিথোক্লনীংদে। য়ুখোম অসি পিথোক্লবদি; ফৌময়েং তাই, ফৌথোক রাংলি হায়না থাজনৈ। লাই খুকুম্লিবা লৌফম অতুদা কোম অমা তৌগনি। কোম অতু য়াম্না নাম্না তৈথোক্লুনা ইমুং অতুগী মী মশাংগী মতুংইন্না লৈবুং অতাবা কোম মনুংদা থমগনি। কোম মথক্লু নুংপাক্লা চেকশিন্না খুমজিনগনি। লৈবুংদি শাহরোং মরুমুক চাওনা লৈবাক্লা তারগা শেম্গনি। লৈবুং থমফমদা লফু য়াইওং থাগনি য়েরুম থুগাইরগা থম্নমগনি। ফৌ মখোঙ কংহুনা ফৌ ফত্রবদি য়েরুমদা য়াওবা মহিনা চাইরবদি ফৌ ফৈ হায়না থাজনৈ। লৌ লোকপা লোইরগা, খুমজিন্দুনা থমখিবা মুং অতু ফুক্তোক্কনি। কোম মনুংদা থমলিবা লৈবুং অতু মশীং রাংলবদি মী শি হায়না থাজনৈ। য়ুম য়ৌরগা মচা মশুশিংদা শিং শুরগা য়ুপাল্লোন থাহনা থরাই মি কৌরগা শিং খজিক খাজিক্কা রু খাজক খজিক্কা চাহন থকহনগনি।

## ফো চরোং পুবা

মুম মনা, ফৌনা থৎতুনা য়ুমদা পুরক্কনি। য়াংকোক্তা য়ুখোম্নচিংবা পোৎচঙ চৈচঙ হাপ্লগা ফৌমি কৌগানি। য়ু খরুং অমা খিৎলগা ময়াম থক্কনি।

## ফো কৌবা

লৌ য়ৈফম ফকথক্তা ফো মকম অহুম খিন্দুনা থমগনি। লাইগী য়েন্দি য়েন অমুবীনা শরেন কংকনি। য়েনগী থিবোং-থিরিন্দা খুদম চাংদম য়েংগনি। ওক থোংতুনা চাকখাঙ য়ু-খাঙগনি অহুগা মীয়াম চঙতুনা ফো য়ৈগনি। 'হৈ হোই হৈ হা' লাউতুনা ফৌওইবৈগী ঈশৈনচিংবা তান্থা চানা শকতুনা ফো-য়ৈনবস্থ য়াওই। ফৌয়ৈবা লোইরগা লৌদা লৈবা ফৌশঙদা মীয়াম চঙনা হৈজিনগনি।

## ফো হোনবা

লৌ লাৎপশিংগী ফৌশঙদা মাইবগা য়ুম্বুগা চৎতুনা য়েন য় য়াওনা খুরুমতুনা থোংঙগনি। অথোঙবশিং অহু য়ুমদা তুংখাই অমা পুরক্লগা খুনগী য়ুমথোঙ খুদিংদা খরা খরা য়েনগনি। অসুম্না লৌ লাৎপশিংগী য়ুপান থাবা লোইবদগীদি লৌগী ফো য়ুমদা হোনবা য়ারে।

লৌখাওবা য়ৈবসি কন'গুম্বা অশোন অনা য়াওবশিংগী লোইশিনহৌদবা য়াওরবদি খুল্লাকপনা খুন্দা পাউ চেঙ্গোকতুনা লোইশিনমিল্লগনি। লৌ লোইদবা য়াওরবদি ফো হোনবা য়াদে।

য়ুমগী কয়দা ফো হৈজিনবা মতমদা খোইজু লৈখাম্নচিবা মৈ ওক্কতুনা খুক্কয়ে।

## শা ফাবা

কাথাগী মী অমনা শা ফাবা ব'দ; মমাঙথোঙাজন্দা শা-কোক লাংতুনা খুকমগনি। শাকোক অদু ফমগী মকোক নিপান্না চাগনি। থাং, তেন, তান্দচিংবনা থিন্দুনা ফারবদি ফাগনা নশা অদুনা মাঙ থংদু থেনবুং কোয়গনি। মীযাম চংদুনা শা ফাকংদি মবেক কবাক খন্দুনা পুরকনি। খুন য়োঁদরিবৈদা শা অদু থেন্দুনা থনগনি। শা ফাবা চৎমিন্নরিব-শিংগী মবক্তগী অমনা খুন্দা চেল্লক্তুনা পাউ তমগনি। পাউদি — হান্না খুৎলাই থারিবা মীদুগী মমিং হায়বদি "হোংবা চাওননা শা ফারে"। অসুম্না পাউ তমগনি। খুনগী পুরুমক পুং-শেল হৈদুনা থেন্দুনা থাম্নবা মফমদা চংদুনা ওকয়গনি। খুন য়োঁরক্লগা শাফ বনা মাঙ থাদুনা থেনবুং কোয়গনি। থেনবুং কোয়বা লোইরগা য়ুমদা চঙগনি। শা ফাবগী শাগৈ নাতৈ নিঙোন চন্থশিংনা য়ু লানগনি। খুল্লাকপ-নচিংবা অহল-লমন পুম্নমক পুন্না চাক চানিংগনি। শা ফাবদুনা অহল লমনশিংদা খুকমজদুনা বর নিগনি অহল লমনশিংনা অফবা অহেনবা লম্লৌ খুরৌদনবা বর পিগনি। থেনবুং কোয়বদি তানচিংবা খুৎলাইনা হাৎপদনি থেনবুং কোয়গদবা। কৈনচিংবা শাথো ডাথৌ ফারবদি থেনবুংদা মকোক ফমগনি। ময়াম তিন্নদুনা থাকপা লাংদা শা থুবদ, লাং থাকপগী মকোক চিংলিবা নিপাদুগী য়ুমদা চাগান।

## কাথা খুনগী শিবদা তোগদবা থৌরম

হিংগনি হায়বা থাজদ্রবা অনাবদু ফমৈন ফমজাও মনাক্ত। হিপফম শেংদুনা থবায় লানবীগদবা মাইবনা অরোইবা মংন-ফাওবা মিকুপ নাতুমশিংন শেন্নগনি। অরোইবা মতমদা

মাইবনা মিহুন থাহুন হেংহুনা থৱায় লানবীগনি। অশিবা হৌচাংহু খাঙেনফম হায়বদি ইমুংগী য়াঙ মপাগী য়ুময়াইদা কেংম অমা তৌৱগা কোম মপান্দা ঈরুজথোকপিগনি। ঈরুজবা লোইংগা ফি অহনব লেংপিগনি। ঈরজবদা শিজিন্নৱিবা ফশিংদি মশাগা কোম্নখিগনি। খাংঙেনফমগী কোম মথক্ত ফক অমা থারগা মায়থা মবেন অহুন কৈজুপ মৱেন অহুম শংনা হিপহনগনি। মসিবু খাংঙেনবা কৌই। কু পুশিলক্তনা মীযাম্না ফকা কেৎন খাশবহু কুন্দা হাপ্লগা কেংম মথক্তা থংানি। (মতাং অশদা অইবা মী অমনা শীকপলোন শকই)। কাথাগী য়ুমশংদি মময় নোংপোক নত্রগা মথা ওল্লি, অতোপ্পা মায়কৈদা ওনবাদি ফত্তে হায়তুনা তৌনদে। থাংঙেনফমদা লৈরিঙৈদা নোংপোক ওননা য়ুম ওইরগনা অশিবহু মকোক্তা নোংচুপ্পা ওনগনি। মথা ওননা য়ুম ওইরগনা মকোক অৱাং ওনগনি। খাংঙেনলিঙৈদা চুপথোঙ মরি য়ংলগা ফি অচৌবনা মথক্তা থল্লি, মসিবু কায়থুপফি কৌই। খুজিন খুয় ককাখবাশং অশিবা মীগী ইন্নফিদ পুনগনি।

অশিবদা উন্নবা থমন্নুলৈ কৌবা অমা য়াওই। লৈ অসি বাগী পজেং অমদা চিথেক নাইনা লং অমুবনা ময়ায় অনংং লং অঙাংবা অহুগা অচৌবনা মতাই ইথংথংনা লেইশিনগনি। অশিবা মীগী মনাদা লৈ অসি মপালনা তুংথংনা থেংকনি। খাঙেনফমদা লৈরিঙৈ, য়ুমথোঙ য়ুমথোঙগী মীশিংনা ময়ুমদগী অশি চেংজেন পুন্নতুনা কোক্তগী খুয়াফাওবা চাইগনি। চাইবগী অৱেম্বা থৱা থৱতুনা অশিবগী লুথুমদা থম্বা লুক্তা হৈজিনগনি।

অশিবা পুথোন্নমদাই মতমদা য়োং খিংগনি, পুং শেলবুং হৈগনি। য়োং খিংবা অসি নিপা ওইৱগা য়েংথংবা খুয়াগী

চুপখোঙদা যদনা পুল্লগা খিংবা য়ানবা থমগনি। নুপী ওইল্লগা ওইথংবা খুনগী চুপখোঙদা খিংবা য়ানবা পুল্লগা থমগনি। অশিবা পুথোক নীরে হায়বা মতাংদা খিংনবা য়োং অনীহু কু মন্নুংদা হাপ্পাচনগনি।

অশিবা পুথোক্লিরিঙৈ মমাঙদা পিদা নত্রগা ইমুং-মন্নুং শাগৈগী মরুওইবা মী অমনা মৈকোয় চফু ঈশিং শোক্লগা মংফম হায়া বৌগনি। মৈকোয় চফু পুরিংদা খুল্লক্তা মমায় ওনশিনহৈদে। মংফমগী শীং শেম্লিবা কাংবুনা পুথোকপা য়ারে হায়বগী পাউ লাক্লগা অশিবহু পুথোক্কনি। অশিবগী সেবাদি পাথংকাবা মখৈনা তৌগনি। অশিবা থাংদোকলমদাইদা কুহু মপাল্লোমদা ইস্থোক্লয়গা ইমুংদা অমুক ইনশিনগনি। অমুক ইস্থোক্লকপদদি মী মরিনা কুহু থাঙ্গক্লুনা নাকথ অশিথোঙদা পুথোক্কনি। য়ুমগী চুরিদা শেল চাইরগা মংফম য়ৌনা পুগনি।

চুপখোঙ মারি য়ুংলগা নুপীনা শীংখন তরুক নিপানা শীংখন মঙা খনগনি। অশিবা হকচাংহু শীংখন মথক্তা থাঙ্গংলগা চুপখোঙ মরিগী অকোয়বদা লংহিংনা নিপানা মঙারক নুপীনা তরুরুক য়েংকনি। হায়া ইমুংদগী মৈহুম মৈকোই চফু পুথরিবা নিপা অহুনা মংফমদা মৈ তোঙাম্মা হৌগৎলগা থমগনি।

## মৈ কোয়বা

মৈকোয় চফুনা মাঙ থাহুনা থাং মৈরা পায়বনা চুপখোঙ খুদিংগী থেংগনি। নুপীনা তরুকলক নিপানা মঙারক কোয়গনি। হকচাং লোইশিন্নগা মঙ্গারক্কনি।

## মঙ্গারকপা

মঙ্গারকপদা মৈ ওকথোক্লুনা তাইরেন্না হায়দোক্কনি। অনম

অহা কোকনি। অশিবা ইমুংগী মীশিং মঙ্গারকপগী তাইরেম্বা শেংদোক্তুরিফাওবা অতোপ্পা শাগৈ অমগী য়ুমদা চংউরবদি মাংই হায়দুনা চঙনদে।

মঙ্গারক্লগা অহল লমনশিংনা মংকুম য়ু থকতুনা, খাঙেনফমদা ফি অত্তোবনা হবচাং শাদুনা মুমিশাং অমথক থংগনি। পোলাং মচা অমম্থু শাদুনা নাকথদা য়াম্দুনা অশিদগীদমক অযুক মুমিদাংগী চাক য়েনশাং হাপকনি। মসি থাশি চাক থাদরিবফাওবা তৌগনি। লোইরগা নোংচুপতা হুন্দোকনি। মঙ্গারক্লগা খুনগী চংলোয়না "মৈরিং মৈথান চঙও" পাউজেন্দুনা অশিবা ইমুংদা পাথং লৈশা তিন্দুনা জগোই শাই, ঈশৈ শকই। মুমিং নিনি তৌনৈ।

মুমিং হুমনিদা মংথোঙ হাংঙই। মাইবা মাইবী ইমুং মমুংগী মীনা অশিবগীদমক্তা অচা অথক থম্মুই।

## অশি চেংজেল

অশিবগী কংলবা চেংবু অশি চেংজেল কৌই।

## অশি য়ু

লেমহৌবা অশি চেংজেলনা থোংবা য়ুবু অশি য়ু কৌই। য়ু অসি মঙ্গারকপদা থোংগনি। থাশি চাক থাবদা শিজিন্নগনি। চাখম নাওখমদরিবা মীনা থকপা য়াদে।

## থাশি চাক

থা শিগদবা নোংমা বাংলিজৈদা অশিদগী চাক থাববু থাশি চাক কৌই।

## য়োৎ খিংবা

চীংদলো য়াম্নবা য়োৎপাক (চীংয়োৎ) মচানি। নিপা ওইরগা য়েংথংবা খুয়াগী চুপখোঙদা অনী পুল্লগা য়ৈগনি। নুপী ওইরগা ওইথংবা চুপখোঙদা পুল্লগা অনী য়ৈনগনি।

চাথম নাওথমনবা নুপীদি মংকুপা চৎপা য়াদে। (চৎনদে) য়ুমথোঙ খুদিংগী মঙ্গারকপদা মৈ ওকতুনা তাইরেম্না হাইদোকনি।

## শাবুক ঙাবুক্তা শিবা (লমখা)

নিপা নলগা নুপী ওইরবসু লমহাংদা মীশি চাদনা শিববদি য়ুমদ পুশিল্লরোই। হকচাং অহু চুম্না শিবগী পোৎলোইফম মংলেন্দ। তিংবা য়ারোই। মীশি মওং অসিগীসু য়ুম্নাক য়ুন্নাক্কী মংফম তোঙাল্লা লৈ। মাগী মাগী মংফমদা অশিবা হকচাং অহু মকোক অরাং ওন্না ফুমগনি। মংফম লাম্নবা তৌহৈদে মঙ্গারকপদা মৈ ওক্কনি। মাইবনা খুন পুম্নমক তাইরেম্না হাইদোক্কনি। চুক শাবদি নুমিৎ তরানিদা শাগনি। ফিরোই শোরাৎতি চুম্না শিবগা মান্নে।

চহি অহুম শুদরিবা অঙাংদি লৈবাক্তা

## ফিরোই (শোরাৎ)

কাথাদা অশিবগী তৌফম থোকপা পুম্নমক ফিরোইদা লোইশিল্লি। মতমদি ফিরোই শোনগদৌরিবা ইমুংগী খুদোংচাবা মতম য়েংলগা তৌই। অকক্লবা মতম লৈতে, তৌগদবা নুমিৎ অহুদি থবনমিচাক অচং অথোকনচিংবা য়েংনৈ।

ইমুংগী পিবাম্না নোংমা বাৎলিঙৈদা নুমিদাংদা খুনগী মীশিংদা কনা বার্তন চৎলি। নোংঙাল্লগা চাক থোংফমগী মৈফম

মাইবনা হৈং-লৈ ক্বা, গেল হাপতুনা শেম্মী। এক নম্রগা শন্দং হাংলগা থোংই। পাথং শীঙেলনা শা থোংই। লৈশানা চাক থোংই। মনুংশাদি মরোই য়াইঙং থাক্তনা অশি চাক মাইবা মাইবীনা তোঙাম্না থোংই। চাক থাবদি মাইবা মাইবীনা নোংচুপ থংবা মুমগী চুবি তাকম থম্না হেন্দোক্লগ। চাক য়েনশাং ক্বানচিংবা হাপ্পিংবা হাপ্পা য়ারে। অশিবগী চাকথাদা যাওরিবা খুদিংমক লোয়নবগী চাকথাদসু য়াওগনি। অশি চাকথাদি নুমিং থোক্তরিঙৈদা মাইবা মাইবীনা হাম্না থাকদোককনি। ময়ামগীদি চাবা মতম য়োৗরগা চাগনি। চাবা থকপা লোই-রগা অহল্ল লমনশিংদা ফি থংগনি, নহাশিংদি শেল দক্ষিনা তৌই।

## ক্বাথা হরাওবা

ক্বাথা খুনগী লাইদি কালেন লাইনি। মফম অসিদা উমংলাইগী লাইশঙ অনী লৈ। লাইশঙ অমনা নোংপোক নিংথৌ, পাম্থোইবী; অতোপ্পা লাইশঙ অমনা নোংপোকনিংথৌ অমসুং শংত্রিক চংনীংখোম্বীগীনি। মপুঙ ওইনা হরাওবগী কুম্মৈদি নোংপোকনিংথৌ অমসুং পাম্থোইবীনি। লাইশঙ অনীসি খুনগী অরাংথংবা পম্থোঙ ময়াদা মমায় নোংপোক ওন্না শাহনা থম্মী। লাই মরিমক্কী কোনমাই লৈ। কোনমাইশিংসি হরাওরমদাইদা ফজনা ফিজেৎ লেতেংই। লাইকোন অসিগী হরাওবুং থেন ফজনা লৈ। হরাওবা মতমদি খুনগী পাম্মৌ থংগ্রবা কালেন থাগী পানথংলকপা মতমদা হরাওনৈ। হাম্না শাবা মফম অমসুং মতম ওইবনা নুমিদাংগী চাক চারগা নুমিং তারমদাইদা লাই-বুংদা কানরক্লুনা হরাওই।

লাই হরাওবা হৌবগী নুমিৎ অসি মাইবা অমসুং খুনগী

অহল লমনশিংনা তিন্নচা লাইচা য়েংহনা অকবা নুমিৎ অমদা হোই। লাইগী চংগদবা মপোৎ মচৈ পুম্মক লাই হৌগদবা নুমিৎকী মমাঙদা হান্না লাঙশিন্দুনা থমগনি। লাইগী থৌরমদা সেবা তৌগদবা অম্বাম্বদা লৈবা মীশিংসু নোংমা বাংলিঙৈদা থৌরনবনি মাগী মাগী শাগৈ তাইরি থিনহনা অম্বাবা নুমথুংনৈ।

## লাই হোবা নুমিৎ

অয়ুক ঙম্না মাইবা লাইশঙবনচিংবনা লাইথোঙ হাংহনা শেংদোক্লবা মতুংদা লাই মন্নিমকী কোনমাই ঈরুশানদেংগনি। অসিগী মতুংদা কোনমাইশিং অসি ফিজেৎ লৈতেংবগা লোয়ননা লাইগী হৈথা লৈথানচিংবসু থাবা লোইশিনগনি। লাইগী ফিজেৎ লৈতেংলিঙৈ মনুংসিদা দোলাইরোই অমসুং নিংতোন মবানচিংবনা দোলাই ফজনা লৈতেংগনি। কাথা খুনগী দোলাইদি ফি অঙাংবনা নাক, য়েং, তুং কুপশিন্নি। লাই-কোন্নগী দোলাই থাংদোক্লনা লৈতেংবা হৌকগা দোলাই লৈবাক্তা তাবা য়াদে। দোলাই মথোঙ মন্নিমক্তা লা অমমম থাগনি। দোলাই পুবা (দোলাইপাবা) মী মনি। দোলাই শেন্নবা মী মনি লৈগনি। মতমসিদা ফমাইবশিংগী ফি থোমলুহনা মথং মমাঙ নাইনা থাগনি।

## লাইকোবা

লাইকৌবা চংলমদাইদা হায়বদি দোলাই থাজংলমদাইদা নোংপোক-পাম্হোইবী থুরমগনি। থুরুবা লোইবগা দোলাইনা মাঙদা চংকনি। মতুংদা ফেনতু ফিয়াম্না মাঙ থাহনা লাইগী পোৎলোই শেনপোৎ চোঙ পেনা অনিমচিংবনা মথং মথং চংকনি। লাই কোবা চংপা মতমদা পুং শেলনচিংবা কন্নি-

গুপ্বা অমন্ত্রা য়েবা খোংবা য়াদে। তুমিন তুমিন চৎকনি।

## লাইকৌফম

লাইকোন্দগী অৱাংয়োমদা থয়া চৎলগা লৈ। অচৌবা তরুংখোংনাং অনী হৌই। খোংনাং অনীগী কায়ক্তা লাই কৌফম উগী কয়াক শেমহ্লনা থম্মী। উ অনীগী কায়রবী অহাংবা মপাসিগা নোংপোকনিংথো-পাহ্লোইবীগী খুভম অৱাংবা চীং অহ্নগা চানহল্লি। খুভম অহ্নদগী ইবুঙো ইবেন্মা অনীবু হয়াওবা য়াওনবা কৌবনি হায়না থাজনৈ

লাই কৌফমদা ময়াম পুম্নমক থুংলয়ে। মাইবা মাইবী লাইশঙবনা লাইগী লাংথৈ, লৈহুন লাতোন অমদা হুয়ে। লৈহুন হুনবা মতমদা মাইবা, মাইবা, লাইশঙবা অহ্নমক লায়াক অমগী মথক্তা লেপকনি। দোলাইনচিংবা লৈহুন হুনকম মনাক্তা নকশিন্না লৈগনি। মাইবনা শরিক খিংহ্নুমা লাইকৌগনি।

## লাইরোন্দি

হে গুরো! মোংপোক গুরু শিদবা।
তরেং পুঙমাইগুম্না অচোনবা।
বায়ক নীংনাংগুম অশিংশক।
হুইরি তোনবা থাংচেংবা, লৈশংখেকয়াইবা
কাংখোন লৈনৌবা, হামেঙ মচাগুম তুনৌবা,
য়াঙ মচাগুম্না তুনাগিবা,
অৱাং চাকচানবা, অৱাং খুথামবা,
অফিং চাকচানবা, কবা লৈঙইনবা।
নোংথৈ, মউ লীংবা,
লোইচীংদা থায়াইবা, লংমাইদা থাদোকপা।

তিমেন হুন্নান লোঙববু, খুৎশু শুৎওইনরিবা লাইয়িংথৌ।
শন্না'ং নংগী যটান্নুংদা, গঙ্গা লাইজ ঈপুবা,
তেন্দোং ননদা পোবা, কাসম য়াদ িকপা,
সনা লুফৈ থেংপা, থমগোন ভাইরোয়নবা লাইয়িংথৌ।
লৈচিন খোঙনেংনবীরকও, পাচা কুম্মৈ শান্নবা
খেলা পুঙ্গাই লেপলসে, শীংঙেন লৈকান্নুংদা
দোলাই লেংজাওথক্তা তোংবীররো লাইয়িংথৌ।

হে গুরো! নুংথেন লৈমা পাঙ্গোইবী
নুংনাং লৈমা রাংঙম্নোন, নপাম হৈস্নাম মাঙদা,
নদোম পানফরিবা ইবেম্মা।
নপাবুসু মীথাদ, নহুবুসু তাংশক্তা,
অভাওনদি মাঙওইনবী, অশিংবদি তুংওইনবা,
ওইনম্বদি থুক্তা শু, নুংশিবদি থাদা খেৎপী।
মাঙলম শমজি কিরগা পঙ্গৌ হায়না পাওকৌগা
তুংলম শমজি কিরগা পলেম হায়না পাওকৌরিবী লাইয়িংথৌ।
লৈচিন খোঙনেংনবীরকও, পাচা কুম্মৈ শান্নবা
খেলা পুঙ্গোই লেপলসে, শীংঙেন লৈকান্নুংদা
দোলাই লেংজাওথক্তা তোংবীররো লাইয়িংথৌ।

লাই কৌরিবৈ মন্নুংদা শরিক খিংগনি, পুং শেল য়ৈগনি, পেনা বাশি খোংগনি। লাই কৌবা লোইবগা লাতোম্পা য়াওরিবা লৈহুন লাংথৈ, লাতোনগা লোয়ননা দোলাই মন্নুংদা হাপকনি। লৈহুন হেক হাপখিবগা দোলাইহু কেৎ-কেৎ চিংহুনা ভাওদা চোংদ হরাওগনি।

ইমা ইবেনশিংনা লাই কৌবদা শকপা ঈশৈ

হি-থিবা, হিথিব, হিরাম্নরোদা।

লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাবা হিরাম্নরোদা।

হি-থিবা – হিথিবা – হিরাম্নরোদা।

লাইয়িংথৌ নোংপোক-মহাবা হিরাম্নরোদা।

হি-কুম্বা – হিকাবা – হিরাম্নরোদা।

লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাবা হিরাম্নরোদা।

লাইগী মতুংদা ইন্নরগা শকপা ঈশৈ

হোরি-হে নারায়ো, রাম কৃষ্ণ নরায়ো

গো-বিন্দে রামো রাম, হোরি-হ রাম।

থুম্লগা চেন চোংহনা শাংরম্নগা লাইকোন্দা চংলক্লুনা লাইশঙ মমুংদা দোলাইদগী লৈগুন লৌথোকতুনা থাগনি। দোলাই পাবা মরিনা লাইশঙগী মথাথংদদা লৈবা দোলাই-থম্ফম শগাইদা দোলাই থমগনি। লাইদা হৈরুক কারগা লাই-বাও চেনগনি। লাইবাও মমুংদা ওক অমা, য়েন অমা শরেন কৎ কনি। হৈরুক হেক কথি দগী ফম্লাইবশিং কমফমলাংদা ফমগনি।

শরেন কৎপা

লাইমাংদা নিপা মরি মঙানা ওক্লাকচৈনা ওক লোংনা চপতুনা হাংকনি। নিপা অমনা য়েনগী মঙক চেকতুনা হাংকনি।

য়েনগী খুদম-চাংদম য়েংনবা মনীংদা মৈ থাম্নগা থাংনা লেন্দুনা মথিবোং মরিন লৌথোকই।

কাথাগী লাইকৌবদা খয়োম লাক্লে, কোনয়াই হুন্দে।

কম হাপ্পদা কোনয়াই হুল্লি। কোনয়াই হুনবগী মণ্ডলদি য়েং-থংবা খুংনা সনা লুপা পায়রগা লাতোঙ্লোমদগী হুনগনি। সনানা মথক কান্নবদি কৈ, লুপানা মথক কান্নবদি কত্তে।

## কোম্বারোন লাইশোন্দি

হে গুরো কংলৈ ও লম্মহন, লমনেম্বী অনী থোক ও, তুনেম্বী অহুম থোক ও। লৈখাবী লৈয়াবী কবো মুকোদো লনওনবীনা নিংথি শেল্লোই মপুঙয়াইদগী সনা খাওনী ম্নংদা পুরকপা কোন, মালেম লৈসনা অঙাংখনা মালেম লৈগা তাইগে, কোরৌ নোংলু অপানববু কোরৌ নোংগা তাইগে। ইবুঙো কোন্দি কোল্লু সনা নীংথিবনে। ইবেম্মা কোন্দি কোল্লাংচাম্নে। কোনওক য়াইওকপিও লাইনিংথৌ।

শরেন শা থোংহনা চাক্কা লোয়ননা লাইদ কৎলি। কৎপা মতমদা লাইশোন শোন্দুনা শারক খিংই।

লাইদা কৎপ্রবা মতুংদা চাক য়েনশাংতু মশা মশাগী লৌথংলুবা পুথম তেঙ্গোংতা হাপ্তনা কম্মাইবশিংগা লোয়ননা খুনগী নিপা পুন্নমক লাইকোন্দা চাগানে। মসিদ অযুক্কী থৌরম লোইগনি।

## নুংথিনগী থৌরম

কম্মাইবা-কম্মাইবীশিং লাইকোন্দা কান্নবকুনা কমকমলাংদ কম্নে। মাইবা মাইবী পেনা থোংবনা লাইগী মথৌ পাও-থোকুনা নুমিৎ মাপন্নি তরানিরোম হরাওনৈ। হন্নাওন্নিতৈ মন্নুংদা লাই লম থোকই। লাইরোই নুমিত্তা হান্নগী কৌকমদা লাই অমুক থিন্দোক্লগা লোইশিল্লি।

## লাই থিনবগী ঈশৈ

হি থিবা, হিথিবা
হি ঐসু লাম্নীংএ
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব লানথিসন্নুদ।
হিকুপ হিকাব
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব লানথিসন্নুদ।

লাই হরাওবা লোইশ্রবা মতুংদা "লাই তানবা" গী থৌরম অমা মুমিদাংদা পাঙথোকই। মসিগী মরমদি লাই হরাওব্রিভৈ মম্নুংদা তিনমু লাইমুনচিংবা ফত্তবা লাইশিং লান্নম্মহ খূন্দগী তানথোকথিবনি। নিপাশিংনা খুৎচ'বা চৈ অমমম পায়হনা মমাঙগী পম্বোঙদা চংলগা য়েন অমা ঈন্নাৎলি। ঈন্নাৎপা লোইরগা পম্বোঙ অহুদগী পায়রিব। চৈ অহুনা উ য়াদা ফুহুনা লাও খোংলগা লাই তান্নকই। লাই তান্নকপা মতমদা ইমুং খুদিংমক থোঙ লোনশিল্লি। লাই তাল্লিবা মীশিংনা তিনমু লাইমু ফত্তবা তাল্লে তাল্লে লাওহনা মাঙোল দান্নি করাংদা চৈতুপশিংহনা ফুই। ইমুংদা লৈল্লিবা মুপী অঙাংশিংনসু তাল্লো তাল্লো লাওরকই। অসুম্না লাও খোংহনা খুনগী অরোইবা পম্বোঙফাওবা তাল্লি।

## লাই চাক্লোং কৎপা

খুনগী লেপ্পগ্রবা অকবা মুমিত্তা চাক্লোং কৎকনি। মুমিং অসিদা খুন পুম্নমক য়ুম য়ুমদা অয়ুক্কী চাক চানরগা লাইশঙদা কানরকনি। অয়ুক্কী লাই শেম্নবশিংদি লাইথোঙ হাঙহনা লৈগনি। হৈরুক্তি অয়ুক্কগী কাবা য়ান্নে। শরেনগী ওক্তি খুন্না পুথোকই, য়েদ্দি পাথংশিংনা পুথোক্রম্মী। হৈরুক কাবা

মপুঙ ফাব্রবদা ম'ইবনা লাইদা কৎতুনা খুরুমজগনি। মসিগী মতুংদগী মাইবীনা লাইবাও চেনগনি। লাইবাও চেনবা লোই-রগা লাইমাঙদা শরেন কৎকনি। শরেন কৎলমদাইদা মাইবনা লাই খুরুমগনি। লাইমাঙদা ওক্রাকচৈনা ওক্তু লোংনা চপতুনা হাংকনি য়েন্দি নিং। অমনা মওক চেকতুনা হাংকনি। শিরবা মতুংদা ওক য়েন অনৌগী মমৈহ মৈ খরখর চুগানি। ওক্তুগী শতুম "মপৈ" লৌথোক্কনি। লৌথাক্লিবা মপৈহ মাইবনা খুদম চাংদম য়েংগনি।

মনা অনৌ, মনাতোন, মঙক্না মতোং, নপক্কাং, (হুমদাংশক) শনীং, (কোংলো) খু মমৈ, মখোঙ মরি, মহোপ, (ঈশিংদা তাউবগী শরুক) মপৈ, মযুংকন (কলেজা) অসি লৌহনা লাইগী তোঙান্না থোংগনি, খাবৈ থাবা য়াদে। চবানফুম্ব খাবৈ থাবা য়াদে। থোংবদা থুম নত্তনা অতৈ থাকপা য়াদে।

## য়েনগী

মকোক, মরেং, মশা, মথিং, মযুংগন, মফৈ, মখোঙ খুদোন অসিনা লাইগী তোঙান থোংগনি, থুম খক্তা থাক্কনি, খাবৈ থাবা য়াদে। থোংবা লেংহনা লাইদা কংলবা মতুংদা য়েনশাংদি যুমদা পুহনা চৎনৈ। লাইবুংদা চাবসু য়াওই। কাথা খুনগী নোংপোক পান্থোইবী অনৌগী লাইবুং লাইমাঙদা মুপীশিংদি চাক চাবা য়াদে।

## কাথা খুনগী মহৌশাদগী শক্লরকপা ঈশৈশিং

চৌংখুংগী পামকা নাকুপ্পী,
চৌংখুংগী পামকা নাকুপ্পী।
পোম্নাংনা পোনচেপ লোনবগুম,

আঃ লীকলেংবগুম লেংবীয়ু,
ওঃ লৈরেংবগুম লেংবীয়ু,
ওঃ লেংবীয়ু দে। ——

চীংদ শাংপা ইঙেলৈ
চীংদ শাংপা ইঙেলৈ
লৈরাংও চিন্দনা কেনখিবা
আঃ কল্লকই আঃ কল্লকই দে।
ঐনা কেন্নীং কেনবরা,
মালংবনা খোঙ্গাও কনবনা,
আঃ লৈরাংদ লৈখোক লোইবগী,
আঃ — কেনবনি আঃ — কেনবনি দে।

পাংগোংলৈ চিনবী লোইয়ুম্বী
পাংগোংলৈ চিনবী লোইয়ুম্বী
ঐগীনবু কাদ শাত্তনা
হো—ঐগীনা কাদ শাত্তনা
মীগীনা কাদ শাংখিবী
হো—মীগীনবু কাদ শাংখিবী
হো—কল্লকই, হো—কল্লকই দে।

## মাইবৌ পাম্বীদা শৈথাবা

মতাংঙবু —

অমুদোন মুংশি, য়েংলে-য়েংলে হায়রগনে-নে।
ইবুঙোনা অমুদোন মুংশি উপোপনা লোইরোই কাবা লৈনিদো-ও
শীংঙেন্ন অমুদোন মুংশি মনা তাবা য়েংলগা

পাখংগীনা অমুদোন মুংশি তাউব হুইরৈ মানব লৈনিকো
শীংঙেম লৈরাং মানা পোমবোমলকপদদি
নিঙোনগী অমুদোন মুংশি ক্যাংলিকফাং,
ক্যাংলিকফাং মানবা লৈনিনে।
শীংঙেম লৈরাং মানা ফুগাইননমক্তা শাংপদা
পাখংগীনা মুংশি নাকোং চক্র মাজিকপা লৈমিনে
শীংঙেনও মাগী কোলোয় মম্নিংদি
কুতি নবা মখোয়রেনবী-ইঃ
ময়ুম শেনবী কবোনা মুক্তো হায়না ভেংথানখিয়ে ইমাখোয়।
মনিপুর শেনবী পুঙময়োম্না পোনা কৈয়ে হায়বগী
ইমাগী মাইপৌমানবী পৌনদি ফবী ইনেম্মচা।

করোংচীং কম্লাংথেনগী চীংয়াংদ
ইমুংগীদ লাংনা মম্নী থংলগ
ইমুংগী লাংনা পাদম্বদি
অপাম কাদ য়োৗগেরা
মুংশি কাদ থুংগেরা-হায়রদনা
লাংনা মাবু পাদম্বদি
লাংনা মাবু পাশোয়রে।
(লাংনানা পাদম্বদা চানবা মতাং খোক্লগা "পাচুরে" শিজিন্নৈ)

কাংহোই চীংয়া কারুসে
তুংখোই ময়োন শংলুসে
মম্নিংনা শংখু কৌবীদো-মৌকল্লুসি।
মৌ কনবা চংপদা শরুরম্বা ঈশৈনি। তুংখোইঃ— থাঙতুপ ময়োন মনুংদা ঈশিং হাপ্লগা থরুবনি। য়ুগুম্মা ময়াক লৈ।

লৌঙাকপা মতমদা শক্করম্বা ঈশৈ

যোয়মময়াইগী, আঃ – অঙালগী তাংলৌম্ব,
যোয়মময়াইনা লৈনা তাগে ইাম্বক্লে।
লৌকা মতম ফংলে–এ–কায়সিদা।
শাবীগীনা–আঃ–ইপম থংলেনগী মাঙ
নহাক্তি কাবিরমলোনে।

থংলেনগী মাঙ নংবু,
যোয়মময়াই নোংদমগী ননেম্মচা ঐহাক্তি।
পলেমঙ পোক্তবীনা নাওয়োকপনা;
শাত্তবা পম্বৌনা লাঙৌনবা মরঁম্বা।
লৌকা থেঙলবম্ব, থেঙলেনা কৌবা মহায়;
লৌকা ঙল্লবম্ব, ঙল্লেনা কৌবা মহায়;
কাবিরম-লো নহাকপু।

যোয়মময়াইগী অঙাল তাংলৌ থেঙলে, হায়ব মর্তমতুদ।;
মৈরা মৈবুন চাওনা পায়রগা,
মুরাবু লমওল্লম্মো পাম্মুবা।

লম্বী নাক্ত লৌউ বা।
আঃ ··· তেরাথাদবু চেকঙাকপা
শাবীগী অমুদোন–হুংশি থংলেনগী ইমাম মচা নংবু
নংনা ঙাকপা চেক্তুদি–ই–ই ···।
চেক্লা-গীনা-আঃ-করি কোলোয় কৌবনোনে–এ।

ঐনা ঙাকপা চেকতুদি, মচীম্বা কোনঙৌ তুম্বনে,

মনম্মা ফিমু ইনবদ চেক্কে-এ।

লৌচিনা খুদিং য়ারেকপী,
উমংনা খুদিং চাক্তাবী,
চেক্লাগী, মাগীই কোপ্লোয়দি-ই,
চেক্লাগী উরিং লোনয়াম্বীনে, নংবু।

## লৌখাওবদা শকুবা ঈশৈ

খোংজোমনুবী য়ুংলক্লে।
তাংখোম্বনা লৈকাই কোয়থিবদু, হল্লক্করে দে।
তাংখোম্বনা ইতোম কোয়দেদ,
কোয়রৌগীনবু খোংজোমনুবীগা কোয়বনি।
মেঞ্জ মেনৌও।
আঃ মেঞ্জ খোইরোই, খোইরোই চীংদ হৌব।
ইবুঙোনা অমুদোন মুংশি চংবী লারাক চোংদাম্ব,
চংবী লারাক খৎলগ। উং।
আঃ - অপামগীনা অমুদোন মুং,শ কাদ য়ৌগে এ,
হায়রদনা উং।
মুংশিনবু কাদ থুংগে হায়রদনা।
চংবা লারাক খৎলগা-উং।
শাংঙেম্ম অমুদোন মুংশি, লৈরাং মাবু খয়োম লাকপদি,
একাদশী নুমিৎ খোকউরমানে-নেঃ
লৈরাং মানা হিগায় বাতুম ওইরে।

ইতাদ হাওসি নামোইনু,
ইতাদ হাওসি নামোইনু,

হাওজম চনু কত্তবীনা,
লবাইরেন মোংব কোইরেনথক্তা,
মোংব চৈবীরে।

শজিবুগীদনবু-ইমানও!
নুংশি লাকয়েন তাইরক্লেনে, ইমাখোয়!
ইবুঙোন অমুদোন নুংশি কোংব লমথোঙ ফাংলক্লে।
তলাগীনা, নুংশি শিশিন্নবশিংহ্নুনা,
তলাগী য়েন্নীং হুল্লক্লেনে।
পামেলগী নাশিন্নবশিংহ্নুনা,
পামেলগী নাপুং ফাবক্লেদো-ও:-ও:।

মপারি নুংশি কায়নখিবশিংহ্নুনা,
মালেম লৈদ ওল্লহ্নুনা, হিক্লা হিক্লা কপ্পক্লেদো-ওও।
মপারি কায়নবশিংহ্নুনা, মথংলেন নুংশি কায়নবশিংহ্নুনা,
ইপারিগী করি শেৎসি হায়রদনা
ইমোমগী করি থোনসিগে হায়রদনা
মথংলেন মমান অনিহুবু, চিক্ল চিক্ল বাতানরকলেদো।

শজিবুগী লাকয়েন তাইরকপা মতমহ্নুদা,
আঃ মপারি কায়নখিবশিংহু, মথংলেন শেৎনখিবশিংহু,
মালেম লৈদা ওল্লহ্নুনা,
হিক্ল হিক্ল এঃ কপ্পকলেদো,
শাবী থংলেন মাঙ্ক নংহুদি।

লাই কৌবদা ইমা-ইবেনশিংনা শকপা ঈশৈ

হিথিবা, হিথিবা হিন্নাম্নরোদা
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব হিন্নাম্নরোদ
হিকুম্ব হিকাব হিন্নাম্নরোদ
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব হিন্নাম্নরোদ।

লাইরোই নুমিৎকী লাই থিনবগী ঈশৈ

হি থিবা, হিথিবা।
হি ঐস্ত লাম্নীংয়ে,
লাইযিংথৌ নোংপোক মহাব লানখিসম্নদ।
হি কুম, হিকাব,
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব লানখিসম্নদ।

ওজাদ পেনা খোংবখোই,
ওজাদ পেনা খোংবখোই।
নচন্ন জগোই শাবদি,
জগোইগী খোঙলৈ চানব,
খোংবীয়্ম থা খোংবায়্ম দে

চীংখৈ নহা লৈথাব।
নোংপোক নহা লৈহেকপা
চীংঙন্ খাদ কংলুসি।
খোইয়ুম খাদা কংলুসি।
তোম্বা লিক্লাই লৈরেংব।
খোইনৌ পেম্ম লৈশেম্বী।
চীংঙন্ খাদ কংলুসি।
খোইয়ুম খাদ কংলুসি।

ঈশৈ অসি কাথাগী নোংমগী লাই হরাওবা লোইশিল্লকপা খুদিংগী লাইমাগুদা পেনা জগোই শাদুনা মুপী অনি অহুমনা শকই।

ইপনখোই লাল্লোই ফম্লাইব।
ইপনখোই লাল্লোই ফম্লাইব।
ফরাংজিনা ফিকোই থকুদা।
অগুপ্না লেংনা ফমফম।
আঃ ফজরে, আঃ নিংথিরেন্দে।

অহল লমনশংগী বারী মতুংইন্না কাথা খুনগী য়ুমশিং অমস্তং মীশাং (নশাং) ইহেন তেনগংতে হায়নৈ। ইং ১৯৮৮ দাদ য়ুমশাং অসি কুন্থুদি শুরে। য়ুমশা মওংদি মৈতৈ য়ুমশা কা অহুমদা অয়াম্বা শানৈ। হৌজিক্তি মানা মানা শানিংবা মওংদা অযাম্বা শানরক্ে। য়ুম পরেং অনিথোক্লা তাই। পরেং অমনা নেংচুপ্পা শাই, মমাই নোংপোক ওল্লি, পরেং অমনা নোংপোক্তা শাই, মম ঠ মথা ওল্লি। য়ুমশিং অসিগী দারি অযাম্বনা বাংনৈ, মরমাদ শল, ওক কাবা চঙবা ঙমদনবা।

নোংচুপ পরেংদা তাবা য়ুম পুবা পুবীশিংগী মমিং

(১) নিংথৌজম খম্বী (মুপী), (২) ইবোহল, (৩) নিংথৌজম নাফল, (৪) ক্ষেত্রিময়ুম তোলমু, (৫) নিংথৌজম ওংবী কাংক্রুবী (ইবেতোন), (৬) নিংথৌজম ভুবনসিং, (৭) তখেল্লম্বম ওমরসি, (৯) তখেল্লম্বম গোপাল, (৮) ক্ষেত্রিময়ুম কেরানি, (১০) ক্ষেত্রিময়ুম থমজাও, (১১) ক্ষেত্রিময়ুম য়াঙম্বা, (১২) লাইশ্রম মুঙথোও (১৩) তখেল্লম্বম বাত্রাসিং,

(১৪) লাইশ্রম থিয়াম্বা, (১৫) লাইশ্রম তোমচা (১৬) লাইশ্রম ওংবী গুলাপলৈ, (১৭) নিংথৌজম কমলসিং।

## নোংপোক থংবা পরেং

(১) লাইশ্রম মুহিত্র, (২) শোরোকখাইবম ওংবী বিজলি (৩) তখেল্লম্বম অতরসিং, (৪) তখেল্লম্বম ইবোবী, (৫) ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা, (৬) ক্ষেত্রিময়ুম ইতেরৈ, (৭) লাইশ্রম অরেং, (৮) শোরোকখাইবম চারো (খুল্লাকপা) (৯) অঙোম অমু, (১০) অঙোম বুদ্ধি, (১১) অঙোম মঙ্গি, (১২) নিংথৌজম শঙ্গাইজাও।

কাথা খুনগী মীশিংদি নিপানা চাম্মা তরা, মুপীনা মরিফু-তরানি। ইংশোক ১৯৫৯ দা কাথাদা এল: পি: স্কুল অমা লিংখৎখি। ছাত্র নিফু তম্মী, স্কুল অসি গোভর্ণমেন্টকীনি। ইংশোক ১৯৮৮ দা গোভর্ণমেন্টনা লৌশিল্লিবা জুনিয়ার স্কুল অমা লিংখৎখি। চহি অদুগী ওইনা ক্লাস থি, নিপা মঙা, মুপী অহুম, ক্লাস ফোর নিপা অহুম, মুপী অহুম, ক্লাস ফাইভ, ক্লাস সিক্সতদি ছাত্র-ছাত্রি অমত্তা লৈখিদে।

ইংশোক ১৯৮৯ দা ক্লাস থি, ছাত্র তরেৎ, ছাত্রি মঙা, ক্লাস ফোর ছাত্র অহুম, ছাত্রি মরি, ক্লাস ফাইভ ছাত্র অহুম, ছাত্রি অহুম, ক্লাস সিক্সতদি ছাত্র ছাত্রি অমত্তা লৈখিদে। স্কুল অসিদা কাথাদগী ওজা মরি, অতোপ্পা লমদগী ওজা অমা, পুম্মা ওজা মঙা লৈ।

## হৌজিক হৌজিক পাস তৌরবা ক্লাসশিংদি

পি: ইউ: অহুম, মেত্রিক তরেৎ, ক্লাস আইট নিপাল, নি। অহানবা খুন অসিগী মেত্রিক পাস তৌবদি ইংশোক

১৯৮৪-৮৫ দনি। কাথাগী মীশীংগী মমুংদা ওক্সা ওইবা নত্তনা সরকারগী থবক তৌবা অমত্তা লৈতদ্রি, মকমসিদা সরকারগী লোয়শঙস্থ লৈতে। কাথা হায়বা মৈতৈ কাঙলুপসিগী মুপীনা অতোপ্পা খুন্দা ময়ুম পানখিবা মশীং ১০ গুরে। অদুগা অতোপ্পা খুন্দগী লৌরকপনা অমত্তা ভাইরি। ইংশোক ১৯৮৫ গী ইলেক্সন্দা ভোটর মশীং ১১৫ গুরে। অদুবু মোরে টাউনগী ইলেক্সন্দা কাথা খুন য়াওদে।

মথক্তস্থ পস্তারে মহুদি টৌটি পুশিন্দ্রিগী মমাঙদা য়াম্না মরুওইবা ঈশিংখোং অনি লৈরম্মী চেক চনবা ঈশিংখোং অহুনা উ থগাল হৌবী ঈশিংখো হায়না খঙনৈ। চেক চন্দবা ঈশিংখোংনা লোকচাও ঈশিংখোং হায়না খঙনৈ। অদুবু হৌজিক্তি খুল্লকা টৌটি ঈশিং পুশল্লে।

কাথাগী য়ুম অমগী ওইনা ফৌ কারকপসি ভিন ১০০/২০০ ফাওবা কারকই। পানা মনাগী পোথোক্তি য়ুম অমগী ওইনা চহি অমদা লুপা ৫০০ দগী ২০০০ ফাওবা ফংই। মখোয়গী মরুওইবা করবার তৌফমদি মোরে থমস্মুং ককচিংনি।

